ফোংঙবা :— লাইরিক ইবা

মখুম :— লাইরিক ইবা

নম্ফম :— জে, এম, প্রিন্টিং ৱার্ক্স, জন্মস্থান, মোইরাংখোম



অহানবা নম্বা—১৯৬৯ ইং, চৈরাওবা নুমিৎ

মশিং—১,০০০



 মমল লুপা ১'৫০

মওং্লাং্গীনি,
মওং্লাং্গী—
হং্লগন্নু অমুক
কনা মওং্লাং্গীনো।

ইমা !

মশুংলাংগী
থায়ন মৈশা লাংলবা
থম্মোইদত ফাওগনি,
ঙসিগী
ইকাই-মুংশি য়াম্নরবা,
নিংঙমদ্রব মৈচাক্ল থল্লবা,
পূক্লিংগী খোঞ্জেলসে তনিক্লবা,
মাইকৈ খুদিংদা নিল্লক্লিবা,
চীংয়া তময়াদা শোল্লক্লিবা,
পূন্সিগী খোঙথাং খুদিংদা—
হেন্না হৌনা হৌনা
তন্তুনা চন্না তাহল্লিবা,
কায়রবা থম্মোইশিংবু খোমজিনলক্লিবা ;
পুরক্লবা
অপুনবা খোল্লাও অমা,
মাপ্লেমসিদা লেপ্লবা নিংহম্নদনা,
মীওইবগী নিংতম্বহু পুরক্লবা,
মীমুংশিগী কংলবা ঈচেলদা
অনৌবা ব্লাখল চেলহন্নবা,
মীওইবা মপোক্ত হিংঙম্নবা,
শিরবস্থু
পুন্সি মমল খঙঙম্নবা।

—ইমা,

খোঞ্জেলসে
কয়াদা ময়েক শেংখ্রবা,
তাবদা থম্মোইসে তুজুংলিবা,
থল্লুবদা
খঙহৌদে পিরাং শিন্থখিবা,
হৌজিক্তদা কয়াদা পাম্মুখ্রবা,
মতমসে হৌখ্রবা নিংঙাইদনা,
পুন্সিগী হৌগৎলকপা খোঙচৎতা,
খোঞ্জেলসে তাবা ফংঙমদনা ;
মসিবু ঐগী ইরাল্লনরা ?
নত্রগা কনাগী মরাল্লননো ?
পুন্নমক হৌজিক্তদা খঙলক্লে,
ইশানা ইশাবু খঙজরক্লবদা—
রাখলগী মিংশেলদা উজরক্লে
মমি শাম্লব মীওই অমা,
মপান্থোংগী চাওখৎপনা লৈতেংলবা,
নিংতম্লবনি হায়না মুংঙাইজরবা,
থরাই য়াওদ্রবা মীরেনগুম্ন,
মশাগী রাখল খনঙমদনা,
পুন্নমক মতমদা শিন্নথোক্তুনা,
মোংফম তান্না চংলিবা,
মীওইবা মপোক্কী তাইবংসিদা,

পুন্সিগী মমল খংঙমদনা,
হিংলিবনি হায়না খন্দুনা,
মশাগী লেমজনিংঙাই য়াওদনা,
লিংজেল পান্দ্রবা তুশোন্নবগুম্না,
অচুম্ববু মাইয়োক্লবা কিত্নুনা,
তুমিন্ন নোকশিন্নত্নুনা লৈরিবা,
তুংকোইদবা অচাও-অরম থিত্নুনা,
মশাগী ওইজবতা খন্দুনা,
মথম্মোই ফাওবা য়োন্থোক্লবা ;
পাংদ্রবা মীরক-মীচনথিগুম্না,
মীওইবগী চাওখৎপগী খোঙচৎতা,
মীনাইগী শকফম উৎলিবা ;
শিরবা ফাওবদা অস্নুম্না,
পোকচমন মহৈ খঙলরোইদৌবা—
হৌজিক ফাওবদম্বু চিংনরিবা,
খোঞ্জেলসে
থম্মোইগী ওইরবা,
অচুম্বগীদমক শিবা কিত্নুনা,
নিংতম্বগী মমল খঙদ্রত্নুনা,
মীনুংশিগী শক্তমত্নু উদ্রত্নুনা,
মতমগী খোংজেল লাকঙমদ্রত্নুনা,
মশুংলাংগী—
মথৱাই থাবা পাম্মুরিবা।

—ইমা,

পুন্নমক মাংখ্রে,
লোইনমক হৌখ্রে,
লৈহৌরিবা হায়ববু ঙসিসিদা—
মশুংলাংগী
ফোংঙমদ্রবা মুংশি মৈচাক্তমক ঙাইহৌরে ;
তমথিরবা লাইবকসিনা,
অসুম্না লেল্লু তমখ্রমাল্লে,
উনা উনা কৌঙমদ্রে.
নিংন নিংন ফোংঙমদ্রে,
ঙাইহুনতা লৈবে নোংমহুতবু,
লাকখিগদ্রা হায়ঙমদ্রবা মতমহুবু,
তঙাইফদ্রবা পূন্সি খোংচৎসিদবু ;
খল্লি,
মুংতিগী থল্লি—
কবিগুম্বদস্মু মিৎতা পিরোইননা,
কবিগুম্বদস্ম অশাওবগা লোইননা,
কায়রবা থম্মোইসিদা তেমশিংনহুনা—
শোয়দনা নোংমদি শোয়দনা,
অহুবু কয়া কুইনা,
ঙাইখিগনি গৌওইবা পূন্সিসিদা—
ইশাগী হৌরকফম্না মাংশিল্লক্লবদা
লমথুংফমনা পল্লেপফম নাইদ্রবদা।

—ইমা,

খণ্ডনা খণ্ডনা,
হায়ফম খণ্ড্রবা,
মতমগা চুনদ্রবা,
চৎনদ্রবা ব্রাখলনা,
অচুম্বগী লিচৌং ওইদ্রুনা,
চেৎনা পুনশিন্দুনা থমথ্রবা,
নিংজিং-মাংজিংনরবা পুন্সিসিদা,
উৎপা ওমদ্রত্নুনা মতমচুপ্পা,
ইশাগী শক্তমত্নু অশেংবা,
কয়াদা ব্রানা লেপ্লিবা,
কয়াদা পেম্মোকপা হৈরিবা—
উরিবা খুদিং মিৎসিনা,
অমত্তা নংখিদ্রে অশেংবা,
পুক্লিংদদি মত্নুস্নু চিংনরি,
থম্মোয়নদি তত্তনা য়ানিংদ্রি,
অত্নুবু মতম্নদি পুরকত্রি,
হোংবা নাইরবা তাইবংসিদা,
তেল্লবা মীওই মপোকসিদা,
মতমচুপ্পগী ওইরবা অচুম্বদো,
মৈহৌরোন্দগী চেম্বুরকপা ব্রাখলদো,
ইথৈথ্রবা খাংতপ্তা তমথিবনা,
নিংতম্বগী ওন্ন-তৈনবা লম্বীদা।

—ইমা,

হায়নজসন্নু ঐসে মীয়াম্ন,
লাইবু থাজদবনি—
ঐগী থম্মোইন শেংলিডৈ,
কৈদৌঙৈদসু শক্লু বোই,
তাইবং মপুগী মকাদা,
মাগী মতিক মগুণ থাদুনা,
ইমিত্ত ইরাগা লোইননা,
ঐগী অরা-অনাবু ঙাকপিনবা,
পূন্সিদা নুংঙাই য়াইফ পিননবা,
তাইবং মপোক্তগী লানবিযু হায়না,
ইশাগী ওইজবা থিদুনা,
মপু মঙোন্দসু চিবোল্লুবা,
থবাই অসিনা য়াজনিংদে ;
ঐ অসে,
অনুম্মক থাপ্না লৈজগে,
অমত্তা ঙাইরবা লেংত্রবা মাগী মকাদগী ;
তাইবং অরা-নুংঙাই মরক্তা,
মীপুম থুদিংগী থম্মোইদা,
খোন্থাং নাইরিবা মীনুংশিগী,
লেপত্রবা খোঞ্জেলদুতবু থিজদুনা,
মীওইবগী নিংতম্বদু ফংজদুনা,
পূন্সিগী ওইনা মালেমসিদা।

—ইমা,

মফম অসিদদি,
মতম অসিদদি,
শেংলবা থম্মোইগী চন্নফম লৈত্রে,
থৱায় হকচাং অনিমক লুপখ্রে,
ইনাং থাংলবা,
লৌনম্বা ৱাখলগী ঈরৈদা,
কাউথোক্লুনা নিংঙাইদনা,
মশুংলাংগী
মক্লবা নুংশিবগী শক্তমবু—
নুংশিজরবা কনাবুসু,
অঙাওবনি হায়না খন্নরে,
ফোংদোক্লবা মহাকপুসু,
য়েক্লবনি হায়না লৌনরে;
থম্মোইগী পেন্নবা উরগা,
হেন্না থোইনা খোইরাংনরে,
অরেপ্পা পুকচেল খঙলুরগা,
কল্লক মিহৌবনা মিপাইনরে,
পুন্সিগী ঈচেল ওইরিবা,
মশুংলাংগী নুংশি মৈচাকপু,
মতমচুপ্পগী ইখন্নবা হোৎনরে,
মীনুংশি অমদি নিংতম্বগী মমিংদা,
হিংনবগী লংলাদো থদৎলি।

—ইমা,

হিংবা তাই,
হিংবা ঙমদ্রবদা—
কদাইদনো মীনুংশি,
কদাইদনো নিংতম্বা,
কদাইদনো পূন্সিগী মুংঙাইব !
তাইবংসিদা পোকপনা অরোইবা নত্তে,
শিবা ঙাইবনা পোলোই নত্তে,
মীওইনা হিংঙম্বনা পূন্সি থোদাংনি,
নাওশুমদগীনা মোংফম ফাওবগী খোঙচৎনি,
হিংমিন্নবগী লোইবা নাইদ্রবা লম্বীনি—
অসিতনি থম্মোই শেংনা হায়রিবা,
অসিতনি মথম্মোই শোক্না য়ানিংদ্রিবা ;
হিংনবগী অমত্তা ঙাইরবা পাম্বেদি,
মশুংলাংগী অশেংবা শক্তম তাকপনি,
তাকঙমদনা অশ্মুম লৈবদি,
লোইনমক মাংন-তাক্লবগা মশক্নি ;
নোংমা নোংমা হৌজিনখ্রগা,
ইশাগী অরেপ্পা লৈত্রগা,
লিংজেল খোইজেল তিন্নদ্রগা,
কদাইদনো থিরুগদবা অচিকপদা,
অয়ানবনা অচুম্বা শকখ্রবদা,
মতমনা অমুক ঙাইদ্রবদা।

—ইমা,

লাংতক্লরবা ৱাখলনি,
চিন্নবা মতমসিদা ;
ঙসিগী ৱারেপনা,
হয়েংগী অরেপ্পনি,
অমুক খন্নিনিংঙাই লৈত্রবনি ;
ইশাগী ওইজবা থাদোকপনা,
ৱাখলগী নিংতম্ব ফংজবনি ;
কুমলোন চনখ্রবা অৱাবগী,
পোৎলুম থান্নগদবা মতমনি—
ঙসি নত্রবস্থু নোংমা,
পূন্সি খোঙচৎসিদা ওইথোক্ত্রবস্থু,
হৌরক্লিবা মপোক্তদি ওইরসনু,
মতুগী লময়ানবনা নুংঙাইবনি,
মতুদা শিখিবনা মহৈনি—
হায়সনু কৈদৌঙৈদস্থু ওইথোক্লরোইদবনি,
কান্নদ্রবা মপোক্কী ইরাংনি ;
অতুবু ঈগী ইরিক্ল তাক্লকখিনি,
অশেংবা থম্মোইগী মমলদি,
মতমনা অরেপ্পা উৎলকখিনি,
অচুম্বগী লেংদ্রবা লম্বীদি,
মতুদা শোয়দনা চৎলখিনি,
শিবা নাইদ্রবনা মশুংলাংগী।

—ইমা,

নিরুগদবা নত্তে,
থম্মোইদি কনাগীম্ভু মীখা পোন্দে ;
থব্রাই হকচাং অসে,
থম্মোইগী মখা পোনবনি ;
চেৎলবা থম্মোইবু মাইথিবা ভম্বদি,
শেৎলবা থম্মোইতনি—
পৃরিংগী অনিংবম্ভনি ফোংদোক্লুবা,
মীওইবগী মীম্নুংশিগী থোংদা,
অমত্তা ভাইরবা তাইবংসিদা,
হিংমিন্নবগী নুংভাইবদো পুবক্লবা ;
অত্তুবু অরাবদি,
অচম্ব শক্তুনা,
থম্মোইগী পাউদমসে তাশিন্নদনা,
নাপলগী মথোই কাবক্তুনা,
লৈশেম্বগী শক্তম উৎতুনা,
মীওইবগী পুন্সি খোঙচৎতা,
থব্রায় হকচাংগী মমল তিক্লিবা,
য়েক্লবগী পুকচেল চেল্লিবা,
অরোযবা চায়েৎগী শিংনরিবা ;
অসিগুম্বা তমথিববা মাইয়োক্ত,
অম্নম্মক নোল্লুক্লনা লৈখিগদ্রা,
মসিনা পুন্সিনি খল্লগদ্রা ?

—ইমা,

শিবা নত্রগা চংবা,
হিংমিন্নবা নত্রগা মাংমিন্নবা—
লেপ্লবনি,
অতদাই ওইনা মঙ্গুংলাংগী,
অত্তবু শিন্থরকপা ঈদি মীওইবগীনি,
পূন্সিগী ঈচেলনি,
মপোক মপোক্কী নিংতম্বগীনি,
শিবা তারবস্থু অনৌবা পূন্সিগীনি,
ইথুৎসিনা ঈরম ফাংলবস্থু মীওইবগীনি,
তমথিরবস্থু ন্যুংশিবগীনি ;
মাংনবা করিগী শিল্লুনি,
অশেংবা থয়োইহুতবু উংনবনি,
তাইবংসে পোৎলোইবগী মৈথুনা মল্লবস্থু,
মতমচুপ্পগী চাক্লিবা মীনুংশিগী মৈরীগানি,
নাপলবু অচুম্বনা য়েংক্লবনি,
অনৌবা ৱাখলগী ঈচেল পুরক্লবনি,
মতমনা মতমগী খোংজেল তাক্লবনি,
মীওইবগী খেন্নবগী যুখল হায়দোক্লবনি ;
ওহাক্কী অশাওবগী অঙাওবা নত্তে,
অশিথোংদা পূন্সি মমল তিক্লরুবা নত্তে,
চাওখৎপগী খোংদোয় হল্লবা তাইবংদা,
মীওইবগী অরেপ্পা ফিভম তাক্লবনি।

—ইমা,

মশুংলাংগীনি,

মশুংলাংগী—

হংলগনু অমুক

কনা মশুংলাংগীনো।

কয়াদ নুংঙাইগবা,

থম্মোইসে কয়াদা পেনগবা,

ঙসিসে,

অমম্বা অহিংসিদা,

থাপ্পা ওন্থোক্ল থাপ্পা,

খোংশানদ্রিবৈদা মশুংলাংগী,

মাগী শক্তমবু উৎপা ঙম্লবা,

থম্মোইদা চেৎনা থম্লিবা,

নক্লা ওন্থোক্ল নক্লা,

লেংদনা লৈরিবা—

থম্মোইগী মৈচাকসে খরদি হন্থনি;

অদুবু

চৎকদবা লম্বীদি তামখ্রে,

মতমদি ওন্থোক্লা তেনখ্রে,

অহিংগী তাংলৌদি হৌজিনখ্রে—

হয়েং,

ইন্নুং শোবা তৈরগা,

শোয়দনা ঙাইরমগনি শোয়দনা অরোইবা মিৎকুপতুদা।

—ইমা,

খোঞ্জেল অসে
অমুক লাক্লে,
থেংলবা অহিংসিদা
অচিকপবু থুগাইহুনা,
অমুক থাপ্পা,
অমুক নক্লা,
মাইকৈ খুদিংদা,
ইনিন নিম্না,
অনৌবা খোস্থাংগা লোইননা—
থম্মোই অসে থুমহৎলক্লে,
পূক্লিংসে ওন্থোক্ল লাংতক্লরে,
খোঞ্জেল অসে
লেপ্পা লৈখিদ্রে,
নুংশিৎসিস্থু ওন্থোক্ল কম্না শিৎখ্রে-
য়েংথোকখিবদদি,
শুক্ল মম্লবা অহিংনি ;
কনাস্থু উদে,
কদায়দগী লাক্লিবা খোঞ্জেলনো,
ওন্থোক্ল শেংনা তাখ্রে,
হৌরকফমদি থঙদে,
তম্ভনদি কৌরি,
থম্মোয়দা হায়ফমদি থঙহনদ্রি ।

—ইমা,

তারিব্রা খোপ্পেলসে,
পুন্না লাউরক্লিবসে—
"নিংতম্বগী লানফমদদি,
অনেকপা মীওইদি কান্নদ্রবনি ;
শেংলবা থম্মোইদুতনি
ঐখোয়না ঙসি,
ইখৌলাংনা থিরিবদি ;
থম্মোইদুতা পুবকউ,
পুকচেলদুতা হোংগন্নু—
ঐখোয়গী পূন্সিনি,
কনাবু কিরুনি,
কবিগী চিংনরি,
নশাবু থাজদ্রবরা,
তাইবংসে উদ্রববা—
থম্মোইদুতা পুরকউ,
পুকচেলদুতা হোংগন্নু,
ঙসি ইমুং লেনদ্রিবৈঙে,
খৌরাংলসি ঙম্বা মখে,
হয়েং তন্না য়াকাইরকপদা,
তাইবং খোংশালহৌনবা,
চংলিবা মীওইবগী খোঙচংতা,
খোঙকাপ লাউনা থাংহ্নুনা।"

—ইমা,

শাওরংননা,
করেম্নবা ম্নাহৈনা,
পূম্নমকপু লাউহৎলক্লিবসে,
কনানোদি খঙদ্রে,
ওস্থোক্লদি চুমখ্রে ;
মথস্তনি ঙাংলিবসে—
তুমিম্ন লৈনখ্রে,
"নিংতম্ব, নিংতম্ব
কনাগী নিংতম্ব,
কৈদৌবগী নিংতম্ব,
তাত্নতা লাক্লিবা নিংতম্ব,
খল্লবরা করিনো নিংতম্ব,
ফংবদা মতিক চারবরা নিংতম্ব,
খঙলবরা নিংতম্বগী মমল,
ঙম্নগদ্রা লেনবা পূন্সি মথল,
ফংননবা হোৎনবদা নিংতম্ব,
ঙম্নগদ্রা থম্বা ফংলবদা নিংতম্ব,
ফংদ্রগনা লেপ্পবরা করিতৌবা
নিংতম্বগী মুংঙাইব ম্নাখলদা,
করিগুম্বা মতমদা খল্লবরা,
ঐখোয় ইশেল মরক্তা,
তোখায় তানরিবসে পুনশিন্ননবা হাম্না।

—ইমা,

খোঞ্জেল অসে,
তাম্না অমুক ছমখ্রে,
মহৈ মহৈ,
তুমিন তুমিন্ন,
জুরু জুরু ঙাংনরি ;
করি ওইরিগবা থম্নরিবসি—
লাউরক্লে অমুক,
অনৌবা অতোপ্পা
খোঞ্জেল অমনা—
"হাক্ল শাওখিনুদা ইয়াম্ব,
করিগীস্থ নিংবা
অত্থক কায়গনি,
মতমগী খোংলৈ তুংইন্না,
পেন্দ্রবা থম্মোইগী লিক্লমদা,
চেন্থরক্লনি থক্লুরবা ঈরি,
পুরক্তুনা শকখঙনবগী ঈচাও,
মতম কুইনগী মাংলুরবা,
পূক্লিংদা অনৌবা ৱাখলগা লোইননা ;
হৌনা ওইরোইদ্রনে,
শেংলবা থম্মোইগী ইতিম্নফম,
মীওইবা মপোক্কী ফিদম্নফম,
ৱারবা পুন্সিগী পোথানফম।"

–ইমা,

মাইকৈ অমদগী,
পুল্লপ হঙলক্লিবসে,
নিংবা কায়রবা থোম্হোক্ত,
"কৈদোৌঙে ?
কয়াম কুইনা ঙাইখিগনি—
হৌজিক ফাওবা,
ঙাইবগী পেন্দ্রিবরা,
মপোক কয়ারক পোকখিগনি,
লাংওন কয়ারক ওনখিগনি ?
ঙাইহুনতা লৈহুনা,
মতমগী অরোইবা ঙাইখিগদ্রা ?
কুম্নাইরিবা মতমনি,
হিংলিবস্থ অকক্লবা মতমনি,
মতমগী মাইয়োক্ত,
চৎলিবা মীওইবা পূন্সিনি,
লোইবা নাইদ্রবা,
মতমগী ঈচেলদা,
পাংথোকচামহুনা করিগী লেল্লি—
ব্রাখলগী ফজবহু থবক্ল য়োবা ঙমগদ্রা ?
মীওইবা পূন্সিগী অব্রা-মুংঙাইদা,
কদায় ফাওবা ঙমগনি,
ইশাগী ওইজবা থাদোকপ্পা।"

—ইমা,

অমনা অমুক হওলি,
"ৱানা লেপ্লিবা ঐখোয়দদি,
থম্মোইদা ফাওরি,
মতমগী চৈনাখোল ;
ফাওরিগদ্রা,
নুংঙাইনা পাল্লিবা,
পজেং ফিরাল থেংলিবা,
মশানা মশাবু চারিবা,
তৌশিন্নবনা মশিঙ্গাং ওইরিবা,
তোংজবা য়েংতুনা পনঙাক্লিবা,
মশাগী লেমজনিংঙাই য়াওদ্রবা,
পেনবা নাইদ্রবা থম্মোইশিংত্তুদা,
ঐখোয়গী অৱাবসে !
থাজবা ঙমব্রা,
মখোয়শিংসে—
ঙসিমক নত্রবস্থু হয়েংদি,
মশাগী ওইজবা থাদোক্তুনা,
ময়ামগী অৱাবসে য়ামিন্নরনি,
মথম্মোই শোক্লা হায়বনি,
মমিত্তা মপিগা লোইননা,
ইকায়বা খঙদনা লংজক্লরবা,
মশাগী লিচংপু ঙাকপিনবা।

—ইমা,

ময়ামসে লাউরি,
"মচুনি, মচুনি—
ঐখোয়না খঙনিংলিবস্থু মচুনি!"
পাউখুমদি খুমলক্ত্রি,
তুমিন্ন লৈনখ্রি,
অথাপ্পদা,
মঙৈ নিক্লবা অহলগী খোঞ্জেল্লনা হায়রি,
"পুন্সি মমৈ ব্লাইবক্লবদা,
লাইগী খুয়া তাল্লমদাইদা,
ইপোকথোক ইয়া লাংলক্লবদা,
ইশুশা নহোয়না হায়রি—
ইপা হাক্তক্তগী চৎনবক্লবা,
ইপু হাক্তক্তগী কাইনবক্ত্রবা,
থাজবনা মপুং ওইববা,
চিংনবগী শরুক য়াওদ্রবা,
পুন্সিগী লাইনিং পরৈবু,
অশেংবা লাইশোল নত্তে,
অমম্বা লম্বীদা,
হেন্না মম্না লমজিংদুনা,
পুন্সিদা অশেংবা মঙাল উহন্দনবা,
মপোক খুদিংগী মীনাই ওইনা থম্নবনি হায়রিবা-
করম্না থাজসিগে থম্মোইসিনা।"

—ইমা,

ঙাইঙমদনা,
নহারোলশিংসিনা খুম্লক্লিবসে,
খোনফমদি কায়দনা,
"থাজবা ঙাক্তনা অচুম্বা নত্তে,
অচুম্বদি হোংবা নাইদে,
অরানবদি তুংকোইদে—
মতমগা চুনদ্রবা লাইনিংবু,
অসুম্মক থাজখিগদ্রা ?
লাইনিংবগী মহৈবু,
অচুম্বা মশক খঙনবা নত্রা ?
তাইবং মপুগী মকাদা,
ইশাগী অৱা অনাবু শিন্নথোক্লগা,
লাইগী খুবম য়োববনি খনগদ্রা ?
শিবা নাইরবা,
মীওইবা মপোক্ত,
মীনুংশিগী মশক তাকপা ঙমদ্রবা ;
তাইবংমীগী পূন্সিদা,
থৱাইগী খেন্নবা খায়রিবা,
নুংশিনদনবগী মরু হুল্লিবা,
মীয়ামগী মাংনবগী হোবকফম ওইরিবা,
চিনবানথোংগী লাইনিংবু,
করম্বা থম্মোইগী লাইশোলনি হায়রিগে।"

—ইমা,

খঞ্জাননা,

মীওই অমনা শোল্লক্লি,

"অহুদি—

পুন্নমক্সে করিগী ?

মীথুংশিগীদমক্ত ওইরবদি,

হিংমিন্নবগীদমক্তা খল্লবদি—

ঙসি,

করিগী থৌরাংলি,

খুৎলায় পায়রবা,

মীওইগী মাইয়োক্ত লেপ্পৰা ?

করিগী নিংতম্বনো ?

করিগী চাইনবুংনো ?

ব্রাখলবু অহু য়োনা চাওরবদি,

করিগী অম্বুক পিকথনা খন্থরি ?

পুকচেল চাওবা উৎতুনা,

অতোপ্পগী নুংঙাইনবগীদমক,

পুন্সিসিদি ব্রাহৈব্রা।

মহুনা থোইনা হেন্না,

মীনুংশি খঙবা ওইরোইদ্রা ?

অখাঙ কনবা শক্তুনা,

মালেম নৈমান্ন থকসিদা,

থম্মোই অসে থেমজিল্লরোইদ্রা ?"

—ইমা,

মানা শোল্লিবসে তাহুনা,
মনাক্ত লৈবিবা অমনা,
নাপচিক্ল হায়বক্লিবা,
"খল্লুনে,
অমুক হন্না খল্লুনে,
পাইমা খোইবাংখিনুনে,
ইনাও-ও—
ঙসিগী থোন্নাংসে,
চুন্নতা নিংতম্ব ফংনবগী ইরাংদা,
মথোং খঙদনা,
মাংহনখিনবা নত্তে,
থব্রায় হকচাংসে ;
শিদ্রিভৈ,
মীওইনা হিংলিভৈ,
ব্রাখলগী পবৈ থোক্তুনা,
অমম্বা যুখল হায়দোক্তুনা,
চৎপা ঙম্নবনি মীমান্নহুনা,
পুন্সিগী লমথুংক্ষম তান্না,
মহুদা মাইয়োক য়ানবনি নিংহন্নদনা,
শেংলবা থম্মোইগা লোইননা,
কনানম্ভু মাইথিবা পিবা ঙম্নরোইদোবা,
মীওইবা মপোক্কী তাইবংসিদা।"

—ইমা,

খোঞ্জেলসিনা লেপত্রিদৈঙ,
ক্বাক্কী লানবাও লাকত্রিদৈঙ,
খোংশানজরগে,
মশুংলাংগী ব্রাশক ঙাক্লবা—
পিনবিরো নয়াথং,
নপারী ইচং থৌনবা ;
ব্রারবা মতমদা নিংশিঙনবা,
থম্মোইগী ওইরবা নুংঙাইবা—
তুমিন্ন,
ইমা তুমিন্ন,
য়েংহুনা করিগী কপ্লি ?
কাওরব্রা ইমা,
ঙসিগী অহিংসিনি,
হায়নখিবা নুমিৎ—
মতমচুপ্পগী ওইনা,
মমা ওইবী কয়াগী,
থম্মোইদতা নত্তনা,
মীপুম খুদিংগী থম্মোইদা,
কাউঙমদনা লৈহৌরগদবা—
থল্লুবদা,
তত্তনা ইরা শিন্থরগদবা,
মতমচুপ্পগী চাওথোকচনিংঙাই ওইরগদবা।

—ইমা,

ঙসিনা অবোইবনি খনগন্নু,
ন্নাখলগী য়েম্লিংদি,
ঙসিতমক হুল্লক্লি ;
তাইবংসিদা শাৎখিগনি,
য়েক্ল-তিখঙ মরক্তা,
পূন্সিগী লৈনমগা লোইননা,
কেনখ্রবস্থু পোমঙমদনা,
নপারী পূন্সিসে—
অন্নাৎপা লৈতনা,
শাৎলকখিগনি চন্নোং শানা,
ইমাগী থম্মোইবু থেমজিন্নবা,
ঙসিতা পোমখৎলক্লিবা,
নৌববা থম্মোইশিংনা ;
মতমতুদা,
ইমানা ফমগনি,
মপু মাগী লৈকোন্দা,
মীন্নুংশিগী,
শাবুংলবা নুশা মঙালদা,
য়েংতুনা,
লৈশাৎ তম্লিবা মখোয়বু,
অন্নাবা পূম্নমক কাউথোক্তুনা,
মিৎকী পিবু ফিজীনা তৈথোক্তুনা

—ইমা,

চিন্নবা মতমসিদা,
ইমিংসিনা উন্নিবা,
নংগী মাইথোংসিনা,
পূক্লিংসে কয়াদা থৌগৎলিবা,
অন্নাববু নমহৎতুনা ;
অতুবু থম্মোইসিদদি ফাওরি,
ইমাগী লকান্নুংদা,
হায়ঙমদনা চাক্লিবা,
কায়না মৈচাক্তো,
মমা ওইবীগী অন্নাবদো—
তপ্না তপ্না,
শিন্থরক্লিবা মিৎকী পিনা,
মুথৎনবা লাক্লিবা,
চিনবানথোংদা অন্নাবগী ন্নাহৈ ফোংদোক্লনা,
শুপ্নগী নোংমতুতগী ন্নাখলদা,
অন্নাবা পূন্নমকসে উশিন্নদনা,
শুপ্নগী নোংমতুতগী ন্নাখলদা—
ঐনস্মু থাজৈ,
শোয়দনা লাকখিগনি, নোংমতু শোয়দনা,
ইমাগী তম্পাক্ত,
অমুক হিপ্তুনা,
থম্মোই পেন্না কপ্লখিনি।

—ইমা,

ৱাখলগী
নিংতম্ব ফংলবসিদা,
থৱায়না অকিববু হুজেক্লম্লবদা ,
মখোয় অসে লাক্লগনি,
য়েক্লবগী শক্তম লৌতুনা,
শেংলবা থম্মোইবু ফাজিম্নবা ;
হকচাং অসে পুনশিন্দুনা,
অচুম্বা লম্বেলগুদা চৎতনবা,
অসুম্মক মখোযগী,
মখা পোন্দুনা থম্লনবা ;
চিনবানথোংগী
লৌনম্বা ৱাহৈনা,
থম্মোই অসে
লাংথাকপা ওম্লক্ত্রবদা
কল্লক চাওবদগী,
অকনবা শক্তুনা,
লাম্মীনা লাঙ্গোই চল্লক্লনি,
য়ুমথোং খুদিংদা মীপাইনা হংলরনি,
কদায়দা লৈরিবগে,
অশেংবা থম্মোই ;
মহোয়নদি হায়রিবা
‘লৈবাক ইরাং হৌহল্লিবা।’

—ইমা,

অরেপ্পা পুকচেল উবদা,
ইকায়খাংদগী,
অশাওবা উৎতুনা,
হাল্লেংদনা ঈরম ফাৎলক্কনি—
কুপ্তনা য়েংলিবা মিৎশিংদা,
অকিবগী শক্তম উৎনবা,
মীপোক মীহাৎ ঙম্বনি খঙহন্নবা ;
মতুনস্থ মাইথিবা পিবা ঙমদ্রবদা,
মাইকৈপুন্বা শিন্থ্ংনা,
ওৎ নৈরক্কনি তমথিনা,
নোংমগী চরা কক্লক্কনি,
তত্তনা ইনশিল্লক্কনি,
ঐখোয় মশেল নুংশিনদনবা,
শকখ্রবা রাশক থুগায়নবা—
মতমতুদনি,
থম্মোইগী চাংয়েং ;
চোকথরবা হকচাংদা,
অনৌবা থৌনা হাপ্পবা,
মপোক মপোক্কী নিংশিঙননবা,
অচুম্বগীদমক পুন্না হিংমিন্নবা,
ইশানা ইশাবু,
অরোইবা মিৎকুপ ফাওবা লৌনমজরোইদৌবা।

—ইমা,

ঈগী লমনদি
ঈনা শিংগনি,
অকিবা লৈতনা উৎকনি,
মশুংলাংগী মুংশিববু;
তত্তনা খঙহনগনি,
ঐখোয়স্থ মীনি;
হিংনবগীদমক কনাদস্থ নিজরোই,
নিংতম্বগীদমক,
মতম পূন্নমক্তা,
মফম খুদিংদা,
য়েক্লবগী মাইয়োক য়াগনি,
হালেংবা লৈতনা হাৎকনি,
অরাকপা মখৈ তুপকনি—
মখোয়গী অশিবা মশানা,
শিংয়েন ওইনা পুত্থনা,
ঙসিগী,
চৎনদ্রবা ব্রাখলগী,
মৈচম ওইনগনি;
তাইবংদা উৎকনি—
মীনুংশিগীদমক,
ঐখোয়না মখোয়বু লানবিরবনি,
য়েক্লবগী মমিং মাংহল্লবনি।

—ইমা,

খঙই,

ৱাশক অসে ঙাকপা,

অরায়বা নত্তে হায়বা—

থৱাই কয়া,

পূন্সি কয়া,

ঈনা ঙাংলবা,

লেপত্রবা মতমগী ঈচেলদা,

নুংতি নুমিৎ খুদিংগী,

অরোয়বা নাইদনা তাউথখিগনি;

অদুবু ৱাশক্তি,

শোয়দনা ঙাক্কনি—

মহুদা চেল্লকপা,

অপুনবা লিংজেলদো,

অকিবগী মশক ওইগনি—

অতদাই তারবা মতমহুদা,

তৌঙমদবা পূম্নমক,

লায়না পাংথোক্কনি,

অৱাবা পূম্নমক,

তঙাইদনা খাংগনি;

মতমহুদা খঙগনি—

থম্মোইসে,

মঙুংলাংগী কদায়য়ৌনা লেপ্লবা।

—ইমা,

লৈবিবা
চীংন্নুং মাম্নুং,
চীংয়া তময়া,
লৈরক খুল্লক,
মাইকৈপুম্বা শিন্থুংনা ;
অঙাংনুবী থাক্তনা,
অহল লম্মন নাইদনা,
ঙসিগী থোরাংসে খঙলক্তুনা,
রাখলগী নিংতম্ব ফংতুনা,
লৌশিংগী মৈবা পাযতুনা,
মবম্মাই চোংথোক্লবক্লনি,
মশাগী
নিংতম্ব ঙাক্লবা,
লেপ্তুনা তকশিল্লক্লিবা,
য়েক্লবগী মাইযোক্তা,
হায়নবা লৈতনা,
মথোদাং পাংথোক্লবা ,
হঙনবা তোদনা,
কয়া কুইনা,
চত্থখিগদবা লাম্লোংনো—
য়েক্লববু তুম্না মাংহনদ্রি ফাওবা,
মশুংলাংগী অরেপ্পা খঙদ্রি ফাওবা।

—ইমা,

ঙসিস্থ
ঙরাংগী মফমত্থনি,
ঙরাংগী মীওইত্থনি,
অত্থবু কয়াদি খেন্নরবা,
উরগা খঙগনি,
কদায় য়ৌনা হোংখ্রবা—
লকান্নুংগী
ওমচাক্লরম্ব ব্রাখলনা,
মৈরী ওইনা ঙাল্লক্লবদা—
য়েংলিবা মিৎয়েং,
ঙাংলকপা ব্রাঙাং,
চৎলকপা শাজৎতা,
মপান্থোংদা ফোংদোক্ত্রবা,
মশাগী ওইজবা,
শক্তম অমা,
ইনৌ নৌনা চেল্লক্লিবা
য়েংবদা পেন্নবগী মশক্লি ;
নোংমা নোংমগী,
অস্থম অস্থম,
মপুং ফারক্লিবা.
পুন্সি খোংকাপ্প ব্রায়শিল্লক্লগা,
হেন্না ইখৌলাংত্থনা মশুংলাংগী ।

—ইমা,

মীয়ামগী
ঙসিগী ব্রাহংনি,
তত্তনা হঙলিবা,
খঙনিংবনা খোইরাংলবা—
ঐখোয়সে কনানো ?
কদায়দগী লাকপনো ?
করম্না ওইরকপনো
ঙসিগী ফিভমসে,
শাদগীস্থ তোল্লবা ?
অস্থম্মক পেন্থোক্লসিরা ?
পূম্নমক কাউথোক্লসিরা ?—
পারীপুরি থিরসি,
ঈগী তুংখুন লিরসি,
হৌখ্রবা চেনা হায়দোক্লসি,
কুইরবা ব্রাফম নিংশিঙলসি,
ইরমলেন্দা নোম্লসি,
মীরমলেন্দা তাংলম্নুসি,
পুন্সি মরাং কাইহল্লসি,
চরি চহুইননা খাঙলম্নুসি,
থেমজিন ব্রাহৈদা ঙাওরম্নুসি,
অচুম্বগীদমক্তা লেপ্লসি,
ওইজরম্বা তাল্লসি।

—ইমা,

তাইবংসিদা
খ্বাইদগী চাওরবা,
ঙসিগী
ঐখোয়গী য়েক্লবদি,
ঐখোয় ইশানি—
মম্লবা ব্রাখলগী,
লম্নাইদ্রবা লোকন্নুংদা,
তাইবং পূন্সি লেল্লিবা,
লাইর তুমখুন তাল্লিবা,
অনৌবা য়াওল তমদ্রিবা,
পোকপা শিবা পোকপা,
অস্থুম্না খন্দুনা লৈরিবা ;
অঙকপা মতৌনি,
ঙসিগী ফিভমসি—
অনৌবা ইহুলগা লোয়ননা,
লানশোক্লবা তারি হান্ননা,
থব্রায় হকচাংগী মাইয়োক্তা,
মরু ফঙনা মাঙহন্দ্রিফাওবা,
শেরান্নবা ব্রাখলগী লীচৎপু,
ফোংদোকপা ঙম্নবা,
শেংলবা থম্মোইগা লোইননা,
মশুংলাংগী মৈচাকপু।

—ইমা,

মপোক মপোক্পী
কাউবা ঙম্নরোইদোবা,
চায়োন শুংবান ফাওবনা
থরায় শোক্ন লানশিংনরগদবা,
শক্লাইববা যেক্লবদি তমথিরবা
তাইবংসিদা লৈরিবা,
মহাক্লনি পিজ্ঞথ্রবা
হিংমিন্নবগী খোংলৈদা,
হুগী ময়াই কল্লবা
লৌশিং মৈরা মুথংনবা,
নমথহ্নুনা থম্নবা
কোকলেনথক্তা পান্নবা,
নিংতম্বগী শৈশক্তা
পুননবা হুমহ্নুনা,
অঙাওবগী পান্দমদা
খোঙদা য়োংহ্লিংগা লোইননা—
নোংমা নোংমগী
হুগী ময়াইনা কুপ্লক্লবদা,
হিংবগী মতম্না তেল্লক্লবদা
নিংতম্বগী মাইকৈনা মমথ্রবদা,
নিংবা কায়রবা খোম্থোক্তা
য়াক্লা লাউহ্নুনা কৈদৌনি।

—ইমা,

পাইখিসনু
মখোয়গী ফিরাল,
শকখিসনু
মরৈবাক্কী ঈশৈ,
হায়খিসনু
ঐখোয়সে মখাপোনবনি,
হোৎনজসনু
মপাঙ্গল মরৌশিংনা,
নৌহৌনা
থুডুম চন্নবা,
ঐখোয়গী
চেৎলবা থম্মোয়বু—
মশুংলাংগী
ৱাখলদা ঙাওরবা ঙসিদি ;
খঙহন্নবা
হিংলীবা মীপুম খুদিংদা,
ইরৈবাক্কী
ওইরিবা ঋভম ঐখোয়গী,
নিংশিঙহন্নবা
তত্তনা ঐখোয়গী ৱাশক,
উরগা
মখোয়গী মতৌ ইরৈবাক্ত ।

ইমা,

থম্মোয়দি
ব্রাখল পূক্লিংদি,
ঙম্লরোই
কনানস্থ ঙম্লবোই,
মতম ফাওবনা ঙম্লবোই
তুফাং কিহুনা থম্বা,
পাইদনবা
নিংতম্বগী ব্রাখলদা,
কাওথিনবা
কায়ন মৈচাকপু—
ফনমক
পিবক্তুনস্থ লনথুম,
লোইননা
পোৎহাপ্‌ ওইনা,
নোংমৈগুলিনা
থম্মোয় তম্না,
ফাহৌনবা
শিবা নাইরবা হকচাংসে,
ওইহৌনবা
নুংশিজরবা ইরৈবাকসে,
মখোয়গী
মতমচুপ্পগী মখোয়গী।

—ইমা,

ঐখোয়সে ঐখোয়নি
হায়বদা
করিগী ইকায়রুনি,
মীওইনা
তাইবংসিদা হিংমিন্নবদা,
ঐখোয়গী
করি অৱাৎপা লৈহুনা,
মহোয়দা
করিগী পুন্সিচুপ্পা নোঞ্জরুনি,
মীওইবগী
লৈনরিবা মীনুংশিগী লিচীংবু
থদৎতুনা,
ঐখোয়দা অঙম্বা শক্তুনা,
ঐখোয়গী
তোপ তোপ্পা শক্তমবু,
তাইবংসিদগী
মতমগী ইপাক্ত তাকহনখিনবা,
হোৎনরিবা
মখোয়গী মৱৌশিং মপাঙ্গলহু,
ঙসিদি
শরি নামুংনহুনা তেমশিংনরনি,
মালেমসিদা।

—ইমা,

চাওথোকচনিংঙাইনি,
হৌখ্রবা মতমদা ঐখোয়গী
ইপা ইপুগী মিংচৎতি,
তত্তনা উৎলম্মী
ঐখোয়সে কনানো,
ৱারবা নুংঙাইববা
মতম খুদিংমক্তা,
কৈদৌঙৈদস্মু য়োনথোকলমদে
মরৈবাক মজাতিবু,
মরম্নাই মপুক থম্নবগীদমক ;
অৱাবা কোঙ্গায় খাঙলম্মী
মরৈবাক্কীদমক্তনি খন্দুনা,
নুংঙাইবা কয়া য়ামিন্নরম্মী
ইজাতিপুম্বগীনি নিংহুনা,
মতমহুদদি কিরমদে
মবৈবাক্কীদমক মথৱাই থাবা,
মখোয়দি খঙলম্মী
নিংতম্বগী হায়ঙমদ্রবা মমলবু,
তত্তনা শিংথানরম্মী
মীনুংশিগী চাওরবা পুকচেলবু,
খাঙবদি ঙমলমদে অহুবু
মীনাইগী য়োৎহ্লিংদি কৈদৌঙৈদস্মু।

—ইমা,

অসিরা
ঐখোয়গী ঙসিগী নিংতম্বা ?
অসিরা
ঐখোয়গী নুংশিজরবা ইরৈবাক ?
অসিরা
মথৌদাং খঙলবা ইজাতি ?
অসিরা
লেপত্রবা চাওখৎপগী খোঙথাং ?
কদাইদনো
ঙসি ঐখোয় ?
শকখঙনরিব্রা
ঐখোয় মশেল ?
উরিব্রা
মালেমসিদা ঐখোয়গীনি হায়বা ?
খঙলিবরা
ব্রানোম্বা নত্তনা অতৈ করি ?
ক্ষংলিবরা
নিংবা কায়বা নত্তনা থোইদোকপা ?
ঙল্লিবরা
ইশাগী ইজ্জৎ ঙাকপা ?
পেল্লিবরা
হিংলীবসে তাইবংদা অস্মুন্না ?

—ইমা,

ঙসিমক
পন্থবা লৈতনা হৌজিকমক,
হৌরসি
লৈবাক মীয়াম পূন্নমক
হৌরসি,
মতমগী য়াঙ্গোই তোংহ্না,
কোরৌনা
চীঙখৈদা ইখেং থাংলিঙৈ,
হকচাংদা
ব্রাখলগী ইহুল ফাওরিঙৈ,
থম্মোয়দা
মশুংলাংগী মৈচাক চাক্লিঙৈ,
মুমিৎনা
য়াক্না খোংদোয় হুল্লিঙৈ,
পূন্সিদা
চাওখৎপগী খোংঙথাং পামলিঙৈ,
থিস্থদনা—
তময়া কোরী চেনবা ঙাইদ্রিঙৈ,
নিংহম্নদনা—
ব্রাখলদা অঙৌবা শম্নাংনা কুপত্রিঙৈ,
থনম্নবা,
নিংতম-লম্বী হৌরক্লিবা নহারোলগী।

—ইমা,

মশানা খঙনা
কৈদৌঙৈদস্থ পিরক্লোই,
নিংথৌনা হায়কুরবস্থ
থৌওইনা তাশিন্নবোই,
ইশাগী পোৎতু
ইশানা ফংজবদা,
মথল্লাইদা কৈদৌঙৈদস্থ মুংঙাইরোই,
থোইনদুম অহোয়ননা শিংনবক্কনি,
মপু শাহুনা লাউবক্কনি—
অপঙবা নখোয়না করি খঙহুনা
ওইথোক্লরোইদৌবা ল্লাফমদু হায়রক্লিবা
অরেম্বা মঙলানচান্দ করিগী ঙাওবিবা—
খঙহুনা লৈরবা
মখোয়গী মরমচংনি,
চিনবানথোংদদা ফজ্জবা,
থম্মোয়দদি করিস্থ য়াওদবা,
লৌনম্বতনা মখোয়গী লীচৎনি,
ওইজবা থিবতনা মশিঙ্গাংনি,
ঐখোয়তনা তাংজকুবগী ফিভমনি,
ঐখোয়তনা খঙ্গকুবনি অমত্তনি,
মপাম্বোংগী মতোদা মখোয়গী ;
মখোয়নদি কৈদৌঙৈদস্থ খন্দে ঐখোয়স্থ মীনি।

—ইমা,

অমত্তা ঙাইববা
অবোয়বা পান্বেদি,
খুংলায়গী মতেংনি—
খুবম চুন্না,
খুৎপায় চেৎনা,
পূক্লিং অনি লোংদনা,
লানশোক্লগনি নিংতম্বগীদমক—
কয়াস্থু শিখিনি,
কয়াস্থু হাৎকনি,
লৈংজেলদি হন্থরোই,
রাশক্তি কায়বরোই,
লালপান্বা মখোয়দা,
মাইথিবগী চৈরাক পিগনি,
তাইবংপুম্বদা উংকনি,
ঙসি
করিগী ঐখোয়গী লাল—
হিংননবগী চাওখংনবগী,
তাইবং মীওইবাপুম্বগী,
হিংমিন্নবগী মুংঙাইবগী ,
হায়গনি উৎকনি,
মখোয়গুম্বা মীওইনা হিংবদি,
মালেমসিদা মাংতাক্লবা মশক্লি।

—ইমা,

য়েক্লবনি মখোয়সে,
ঐখোয়তগী য়েক্লবা নত্তে,
তাইবংসিদা লৈরিবা,
অচুম্বা পাম্বা মীওইখুদিংগীনি—
মীনুংশিগী ইখৌলাংলিবা,
মীওইবগী য়াইফ-নুংঙাই তাল্লিবা,
থম্মোয় অমমম পাল্লিবা,
শকচুগী খেন্নবনা লাপথোক্লদ্রবা,
শন্দোকখিদ্রবা মালেম লৈমাইথকসিগী,
অপুনবা তাইবং মরুপকী,
য়েক্লবনি মখোয়সে পূম্নমক্কী—
অসিগুম্বা য়েক্লবগী মাইয়োক্তা,
খুংলায় পাইখৎপদি,
লালগী মৈশাদো,
মালেমথকসিদা পুরক্লবা নত্তে;
হিংলৌবা মীওইবা থম্মোয়গী,
খাঙবা ঙমদ্রবা মৈচাক্তো,
শেংলবা ঈরিক্ল খিক্তুনা,
অনৌবা পূন্সি পুরক্লবনি,
রাখলগী য়েন্নিং হুলহন্নবনি,
মতমগী ইপাক্ত নিলহন্নবনি,
অচুম্বগী ইরাওখোলনা নুংতিগী।

—ইমা,

মরৌ চাওবা য়েক্লবসিবু,
মাইথিবা পিগে থল্লবদি,
খুৎলায় পাইদ্রিবৈঙে,
হান্নবা ইশাবু থাদোকচরসি,
মানা থাক্লিবা লাংদগী—
ব্রাখলগী পরিং থৈদুনা,
ৎব্রায় হকচাংবু ফাননবা,
অচুম-অরাল খঙহন্দনা,
মখোয়গী মিৎয়েংদা চৎতুনা,
মুংশিজরবা খিবিকপু থাদোক্কুনা,
মখোয়না হায়বা য়ারাবু,
হোয়য়া ফত্তুনা ইল্লিবা,
পূম্নমক মখোয়দা কথোক্কুনা,
ঐখোয়গা চংজফম থিহল্লিবা—
অসিগুম্বা তোল্লবা,
ব্রাখলগী পোন্নুংদগী নাম্থোক্কুনা,
শাখপ তোইনা পাইরসি,
নিংতম্ব ভাইবং মালংদা,
পূন্সি হিদেল লাম্না ;
মতমত্তুদা উগনি—
লৌশিংগী অরংবা মঙালদা
ইরং লংলবা নিংতম্বগী থাংহায়।

—ইমা,

ঙসিগী অহল্লোন অয়াম্বনা,
নৈবাক্কী চৎনরক্লিবনি হায়তুনা,
হৌজিক্কী মতমদা,
থাংলিবা খোঙথাংদা,
খুরৌগী মশক ওইববা
কান্নদ্রবা খিবিকপু থাদোকপা ঙমদ্রিবা-
অসিয়ৌনা মাংহনথ্রবা,
ৱাখলগী নিংতম্বহু ;
হৌরক্লিবা নহারোলগী ৱাখলদম্বু,
মখোয়না মাংহনগদগী লাক্লরি,
মসিনি ঐখোয়না কলহৌগদবদি,
নৌবিবা ঈনা শেংলিঙৈ,
নহাবোলনা তত্তনা হওলিঙৈ,
তাকহৌগদবনি অচুম্বা লম্বীদো,
খঙহনগদবনি মশাগী শক্তমদো,
উৎহৌগদবনি শেংলবা থম্মোয়দো,
তাহনগদবনি তাইবংগী য়ারা,
লেপঙম্নবা য়েক্লবগী মাইয়োক্ত,
ৱাখলগী পন্দুপ থায়তুনা,
খুৎলায়গী মথৌ থাংতুনা,
শিংলীদা চেল্লিঙৈ ঈনা,
ঙাক্লবা মীওইবা মপোক্কী মথৌদাং।

—ইমা,

কাংলুপ নাইদুনা,
ঐখোয় মশেল হুঞ্জিন্নদুনা,
তাংবল মুন্নবগী ইরাংদা,
লৈবাক মীয়ামগী পূক্নিংবু,
শেলনা মমল তিরুদুনা,
য়েক্লবদা লোইপোৎ হারুনবা,
হায়জ-নোঞ্জ চৎচরুনবা,
ইশানা ইশাবু মীনমজবগী,
মতমদুদি হেনখ্রবনি ঙসিদি—
ইশানা ইশাবু খঙজদ্রবদা,
করম্না নুংশিবা ঙমগনি ইরৈবাক,
করম্না থম্মোইদা ফাওগনি,
ইরৈবাক মচাশিংগী মপাউদি—
ফনম্নু হায়সন্নু,
ফনম্নু লাওসন্নু,
তৌথোরকপা খুদিংদা,
মপান্থোংগী ব্রাখলদদা,
হোরেনগী হয়েংগী মতম লেন্দুনা,
ওইজবা খরতবু ফংলবদি খন্দুনা,
লৈবাকমচা অমগী মথৌ কাউদুনা—
য়োল্লিবা মরৈবাক মজাতিবু,
ইকায়বা খঙদনা মৈতালনা ব্রাখৈদ্রিফাওবা।

—ইমা,

তাকপিয়্,
ঙসি কনানা তন্বী,
লাঞ্জদ্রবা লৈবাক মীয়ামদা,
অস্নুক তুকচ্চরবা,
অস্নুক ইকায়নিংঙাই ওইরবা,
ইনাং থাংলবা লমচৎসে—
চৎখি চৎখিবা মক্মদা,
নুংশিজরবা ইরৈবাক্কী সমদমসিদা,
উগনি,
করম্না হিংলীবা ঙসি,
লৈত লাইরনা মোনখাঙনহুনা,
ইকায় শেঙ্গোয় ব্রাংমা লান্না—
লৌশিং লৈববনি,
লৈবাক্কী লুচিংবনি,
ঐখোয় মঙাইরে খন্দুনা,
লৈরিবা মখোয় খরনা,
ওইজববু ফংনি হায়রবদি,
ফমবু চাওখৎহন্নি তারবদি—
নুপীনহাগী ইজৎপু ললোন্দুনা,
মচে-মচনগী পূন্সি ফাওবা,
হালেংদনা মাঙহল্লীবা মখোয়না,
করম্না নুংশিরিবা মরৈবাক মজাতিবু

—ইমা,

ঙসিগী
ঐখোয়গী ইরৈবাক্তি,
নিংবা কায়ববগী শক্তমনি,
য়েংখি য়েংখিবদা—
অৱাবগী মশক ওইরবা,
মল্লবা নিংখায়রক্লবা,
মতম অমদা,
নিংথৌনা লৈরম্বগী খুদমতা ঙাইববা;
শেরাম্নবা চাওখৎপগী খোঙচৎতা,
থৱায য়াওদ্রবা মীরেম্না,
পাল্লেপফম খঙদনা,
অপূবা অনেকপা অৱাযবা,
শাজৎ লোনচৎ চৎতুনা,
ইশাগী ওইজবা,
থৱায়-হকচাং থাজবা পুম্নমক,
চৎনদ্রবা শেনখায়নি খন্দুনা,
মশানা মশাবু ইকায়জহুনা,
য়ীমাংদা শাশিন্নবা শক্তম উৎতুনা,
চাওখৎলবা মীওইনি উৎলিবা
ওস্থোক্ল তোল্লবগী ৱাখলনি,
হিংনববগী মবা ফুক্লবা পাম্বৈনি,
অৱোইবা চেংজেলগী মতমস্থ কক্লবনি।

—ইমা,

কয়া কুইনা শুমহৎতুনা,
ঐখোয়বু পুগনি মখোয়না,
অসুম্না পূন্সিদা হায়শিন্নহ্নুা ;
কয়া কুইনা লৌনমগনি,
শেংলবা থম্মোয়বু,
ফানবা কোইপায় পাইরিবা থব্রায়বু ;
কবম্না খাঙগনি,
অসুক তমথিববা,
মীহাৎপগী শাজৎপু।
করিগী অসুক পঙলুবি ?
কবিগী অসুক থাজরুবি ?
কবিগী হাযনিংলুবি নিংতম্বনি
হৌজিক্তি থুজরে,
ইশানা থাকচবা লাংদা,
লোইনমক মাঙশিললক্লে,
হিংলী হায়বতা মঙাইবে—
য়েংননবা,
ইরৈবাক্না মাঙখিবা,
ইজাতিনা তুমখিবা,
ইমিংসিনা পেন্না,
মিৎলুদা ইরা শিস্থদনা,
চাওখৎপগী খোঙথাংনি থন্দুনা।

—ইমা,

ঙসিগী
ঐখোয়গী লাইনিংদি,
ইরৈবাকপু কনবনি,
ইজাতিবু মুংশিবনি—
তাইবং মপুদি লেংদ্রবনি ;
শক্লিংবা মানা শকচসন্নু,
শোন্নিংবা মানা শোঞ্জসন্নু,
মাগী মাগী লাইশোলনা,
মশা মশাগী পেঙ্জনবা—
অতুবু
ঐখোয়গী লাইনিংদি,
ইরৈবাকপু কনবনি,
ইজাতিবু মুংশিবনি .
ইরৈবাক্কী য়াইফনবগীদমক,
ইজাতিগী চাওখৎনবগীদমক,
থাদোকপা তারবদি পুম্নমক,
লন-থুম থব্রাই-হকচাং লোইনমক-
ঐখোয়গীনি হায়রিবা,
তেল্লবা পুন্সিসিদা ;
কখোক্কনি চিংনদনা,
পোকচমন মহৈ য়াল্লবা,
ইরৈবাক মশক থঙজনবা।

—ইমা,

থাজবা ঙমদে,
অচুম্বস্মু নত্তে,
মীওইবা
ঐগী থম্মোয়দা,
হৌজিকস্মু য়ানিংদ্রি,
করিগীস্মু য়ানিংগনি—
থৱায় পাল্লিবা,
লৈয়েং ফাইদ্রিবা,
থম্মোয়দা মীনুংশি খঙলিবা,
ঐখোয়না ঙসি,
করিগী শোনঙমদে,
মপু মাগী কোলোয়বু,
পূক্নিং শেংনা ইমারোলদা—
করিগী শকনি মীমারোলদা,
নিংজবদা মপু মাবু,
মপু মানা শেমবিবা,
মীওইবা মশেল ঙাক্কনি,
খায়রমদে মপু মানদি,
খেন্নবা থৱায়গী—
লৈত্রবরা ঐখোয়গীদি,
লাইনিংবগী লম্বী,
তমজদ্রবদি মখোয়দগী।

—ইমা,

পুন্নমক অরেম্বনি,
লোইনমক লৌনম্বনি,
লাইগী মমিংদা,
লাংথাকপনি ঐখোয়বু,
খুকমহন্নবা মখোয়বু,
শাওরবম্থ শাওতমদনবা,
ব্রাববম্ত ফোংতমদনবা ;
হেন্না থোইনা,
লৈশি লৈথোল্লুনবা মখোয়দা,
লৈজ'পুম্বা কথোকহন্নবা,
চিংনবা লৈতনা মখোয়দা ;
তম্বিরবনি লাইশোল ওইনা
পঙলবা ঐখোয়দা,
অহিং নুংথিল অনিদা,
শোন্ননবা থাজবগা লোইননা,
মাংননবা লাইব্রাবু খঙহন্দনা ;
মতুদা শক্তি ঈশৈ ঐখোয়না,
ইথৌপোংনা,
ইথক-ইরাংদা তাউহুনা ;
লাইনিং পরৈ চেৎপা শাহুনা,
মপাম্থোংগী ফিজোলনা কুপশিন্দুনা,
লাঞ্জব্রবা থরায়বু ফাজিন্দুনা।

—ইমা,

লাংলিবসি,
লাই নত্তে মীনম্বনি,
থম্মোয়দি,
তাইবংশেম্বা মপুগীনি,
কল্লকচাওবা মখোয়গী
ইরাৎ-পূজাগী নত্তে মফমদি,
করিগী লাংকনি,
মখোয়গী মীনম্বগী মশকপু,
কবিগী য়েংহল্লি
তোম্বনা য়েংবা মিৎয়েংনা
ইরৈবাক মচাশিংগী মফমদা,
করিগী নুংশিনদ্রি
ঐখোয় ইশেল ঙসি—
পূম্নমক মখোয়গী থৌইনশিন্নি,
মৈরী ফরবা রাকায়নি,
তোখায় তোখায় তুমহন্নবা,
মখোয়না মতোং চানবা—
অতুবু খঙদ্রি মখোয়না,
থরায়দি শিবা নাইদে,
অচুম্বদি হোংবা নাইদে,
মখোয়গী ঈনা চামথোক্লগনি,
শেরাম্নবা খোঙথাংগী অমোৎপনু ।

—ইমা,

শক্লনি
ইশাগী ওইজবা লাইশোল,
লাংলনি
ঐগী শেংলবা থম্মোয়্দা,
তাইবংশেম্বা মপুবু
পিনবিযু হায়না
মীন্নুংশিগী মক্ত্রবা শক্তমবু,
থম্লরোই
মাংনবগী মশক ওইরবা মখোয়বু,
ইরৈবাকসিদা অমুক হন্না
পূক্লিংগী লাইশোল থুগায়হন্দনবা,
লংথত্রগনি
মতমগী ঈচেলদা,
চৎনদ্রবা তুকচ্চবনা থল্লবা
মখোয়গী লাইনিংগী পোৎয়োমবু
তুরেলগী কাউশিং ওইনা,
শেংদোক্লগনি
ঐখোয়গী মীথা পোল্লুরবা থম্মোয়সে
অনৌবা ৱাথলনা থিক্তনা,
কনখৎহল্লনি
হামচৎনরুরবা হকচাংসে
লৈবাক্কী অনৌবা য়াওল তমহন্দুনা।

—ইমা,

চেল্লিবা ঈরম,
শকখঙনদবগী ;
নক্লন লৈরিবা,
অমত্তা ওইরিবা,
ঐখোয় ইশেলগী মবক্তা—
হেন্না পাকথোক্ল উহল্লিবা
শেরান্নবা লাইনিংনা,
পুথবক্লিবা লুংশিনদবগী ঈচাও
মখোয়গী লেপত্রবা লাইশোলনা,
লুপহল্লন্নুসি
নিংবা কায়রবগী ঈপাক্ত অমুক—
ঙসিগী
কোয়ঙাওনরবা থম্মোয়শিংবু,
মশুংলাংগী ব্রাথলনা ;
শোল্লসি অমত্তা ওইনা,
শক্লসি খোঙ্থাং নাইনা,
অপুনবা লীচিংগী
কিবা লৈত্রবা
নিংতম্বগী শৈশক্তা,
থাদোক্লবা
থব্রায়-হকচাং মীনাইগী য়োৎহ্লিংদগী,
মুমিৎ থানা লৈরিবমখৈ ।

—ইমা,

খল্লসি
কমদৌনা পাংথোক্কনি,
পুল্লসি
অরানবা ৱাখলবু চুমথোক্তুনা,
থানবন্নুসি
খোইখ্বা লিনখ্বা,
হৌখ্রবা
থম্মোয়গী চৈথেংবু নিংশিঙহ্নুনা,
ফোংদোক্লবসি
অশেংবা থম্মোয়গী অনিংববু,
য়ামিন্নরসি
অৱা-অনা ইরৈবাক্কীদমক,
থিনরন্নুসি
ইশা ইশাগী ওইজবা,
নিংশিঙলসি
পুন্না হিংমীন্নগদবনি ঐখোয়দি,
উৎলসি
তাইবং মীওইবশিংদা,
লৈরি
ঐখোয়স্মু লৈরি,
য়্যানবা
মীওইবগী খোঁদাং তাইবংদা।

-ইমা,

ঐখোয়দি
কনাগীস্থ য়েক্লবা নত্তে,
ঐখোয়না
লানশোক্লরিবদি ঙসি ইচংথৌনা,
লেপত্রবা
মীওইবগী হিংননবগী লানফমদা,
নত্তে
মীওইববু মাইথিবা পিনবা ;

উৎনবনি মীওইবগী থৌদাং,
লেপত্রবা
মতমগী ঈচেলদা,
পাক্লবা
তাইবংপালগী মালেমসিদা ;
খঙহন্নবনি,
নাপলগী মথোইনা ঙাওরবা,
মথোয়শিংত্থুদা,
চাওখৎপগী মঙালনা তাংহল্লবা,
মমিৎশিংত্থুদা,
ঊহন্নবা মপান্থোংগী অরংবসি নত্তবা,
থম্মোয়দো,
মীপুমথুদিংবু ন্থংশিবা ঙম্বা।

—ইমা,

লাংতক্লরে থম্মোয়সে,
উবা ঙমদ্রে তাইবংসে ;
মশুংলা গী রাখলদা,
মুংঙাইক্তবা মঙমদ্রে,
য়েংজত্নুনা লমদমসে ;
য়েংলু য়েংলুবগা,
হেন্না থোইনা খোয়বাংলে,
খল্লু খল্লু নিংঙমদ্রে—
করিগী শাৎলি,
লৈরাং নংস্মু ফগায়না ।
করিগী পাইরি,
চেক্লা নংস্মু নিংতম্না !
করিগী থোক্লি,
থাজ নংস্মু নিংথৌনা !
করিগী শিৎলী,
মালং নংস্মু নামিনা ।
করিগী চেল্লি,
তুরেল নংস্মু লেপ্তনা ।
করিগী লৈরি,
চীংশাং নংস্মু লৈতেংনা !
করিগী লাংতক্লরি,
থম্মোয় নংস্মু লেপ্তনা !

—ইমা,

অমগুবা নোংস্থ লাক্লে,
কালেনগী মৈশাস্থ লাংলে,
ব্রাথলগী পোৎলুম্ন কোকথোংনরে,
খায়না মৈচাক্ল ওমচাক্লরে ;
নোংজুথাগী নোংজুনি,
অমম্বদা ঙানবা নোংথাঙনি,
নুংশিগী ইরানি,
হিংঙমদ্রবদা ঙসিস্থ হিংহল্লিবনি ;
ইপাম্থাগী ইচাওনি,
শোল্লবা চাংজৌ তোর্ব্বালনি,
মগুংলাংগী ব্রাথলনি,
তেল্লবা পূন্সি খোঙচৎনি ;
কন্না শিৎপা নুংশিৎনি,
চৌংয়া তময়া তুশিৎনা,
মগুংলাংগী পাওজেলনি,
মীপুম থম্মোয় শিন্থুংনা ;
ইংলবা ইস্থমথানি,
কুংনা থাখ্রবা লৈচিল্লি,
ফোংঙমদ্রিবা ব্রাথলনি,
হায়ঙমদ্রিবা মতৌনি ;—
কুমলোন কয়া চনথ্রনি,
নুংশি ইখোলাংলিঙৈ।

—ইমা,

কদাইদনো লোৎলি,
হায়ফমদি খঙহনদ্রি ,
য়েংখি য়েংখিবদা উবি,
মানা লৈরম্বগী মতৌদি ;
কবিগী উবা ফংজদ্রি,
পাংলিবা ইমিৎ অনিসিনদি ,
লমদম কৈদা চৎখিহুনা,
ঐগী থম্মোয়সে হাংহৌরবা ;
তত্তনা থাজহল্লি,
নোংমদি লাকখিনি ;
তাকপদি লৈতে,
খঙবদি ঙমদে ;
থম্মোয় শোক্না মকৌনি,
খুম্নৌরক্ত্রবদা কৈদৌনি ;
লোইনমকম্বু মরৈরি,
মাতনি ব্রাৎলিবসি ;
কদাইদা থিকনি,
কনাদা হঙলুনি ;
খঙদ্রবরা অৱাবসে,
কাওখ্রবরা ঐখোয়সে ;
হঙজখিগনি থম্মোয়দা,
ইরালসে কদায়দা !

—ইমা,

হৌজিক্তি,
ৱাখলগী মহুৎতা,
থবক্লা ফোংদোক্লগদবনি ;
ঙাংহুনা,
থম্মোয়দা ওমচাক্লহুনা.
নুংশুক্লনা লৈহনা কৈদৌনি ;
য়েংলগদবনি,
কদায় ফাওবা লাকনি,
চিনফেন ফবা ময়ামসে ;
শেম্লগদবনি,
অনৌবা লৈশাৎ তম্নবা,
লৈখা তারবা ইরৈবাকসে ;
তাকপিরনি,
তৌফম থোকপা মথৌদাং,
মরৈবাক ললোল্লিবা কাংবুসে ;
হায়বিরনি,
য়েৎকা ওইগা চৎমিন্নবা,
নিংঙাই তৌরিবা মথোয়সে ,
শিজহৌসন্নু,
মরীল হল্লবা মথোয়দো,
ইনবা ঙমদ্রবদা খোঙচৎসে—
ইকায়খঙদনা।

—ইমা,

হৌজিকী মতমদদি,
লালদি,
ইনাক খুনবা লৈবাক্কী লৈতেংনি;
লানফমদা চঙলিবা,
থব্রায়-হকচাং লন-থুম,
হাপচিনবগী ওকপা নাইরোইদৌবনি-
অনৌবা খুৎলায়,
অনৌবা লাল্লোং,
অকীবা মীহাৎ,
অঙকপা লৌনম,
পৈশাগী মতেংনা চৎপা ঙাক্লি—
ঐখোয়গীদি,
লৈতেং নত্তে অরোইবীনি,
হিংবা চংবগী ব্রাঙ্কমনি,
লৈত লাইরনা ফিজোলনি,
শেংলবা থম্মোয়না খুৎলায়নি,
চেৎলবা ব্রাশক্ক পাঙ্গলনি,
নিংতম্ব ফংবনা মাইপাকপনি;
শোয়দনা উৎকনি,
ইরৈবাক কন্নবগীদমক্তি,
লালদি তঙাইফদ্রবনি,
লাইরবগী থম্মোয়দি ব্রাৎত-পাদ্রবনি।

—ইমা,

থাজবিয়ু,
লৈবাক্তি লৌখিবা য়াই,
হকচাংদি হাৎখিবা য়াই ;
থম্মোয়দি,
খুৎলায়গী মতেংনা,
কৈদৌউদসু হাৎঙম্লোই,
শিরবা ফাওবদা,
কৈদৌউদসু ফাওম্লোই,
ঐগী নিংতম্লবা ৱাখলদি ;
য়েক্লবগী মখোঙনা,
খোঙনেৎনদ্রিবৈ ইরমলেন্দা,
কুপকনি লৈমায়সে ঈনা,
চোংহন্নবা নিংতম্বগী য়েন্নিং নৌহৌনা ;
লাকসনু,
য়েক্লবনা মশিং থিঙমদনা,
শিজিন্নজসনু,
লৈজবা খুৎলায় মখোয়গী ;
থেংনগনি ইরমলেন্দা,
অকিবা লৈতনা,
য়ামজদ্রবসু,
মীশিং ঐখোয়গী ইরৈবাক্কী—
অমত্তা ওইনা।

—ইমা,

শান্নবুং নত্তে,
চাইনবুংনি,
তরাইনা খল্লোইদবনি,
ইথৌদাংনি নিংগদবনি ;
হায়বদবু লায়রবা,
শরি শোনবদদি ৱাদ্রিবা,
থবক্লা মাংওইনরক্লগা,
খঙলক্কনি,
কয়া য়াম্না কুপ্পা,
কয়া য়াম্না লুবা ;
পেন্দবগী নিংলকপা ৱাহৈদো,
মরীক চুমহনসি থবক্লা,
লেপ্তুনা পাংথোকসি,
নোম্লিবমখৈ ৱাগম্মুসি,
শিল্লম নাইনা চত্থসি,
পরিং অমা থমত্থনা,
মরাক্ক ময়ুংগা লাক্তুনা,
থোকহল্লিংবা ময়েক থোকহন্দুনা,
ইরৈবাক মশক নাইহল্লসি,
ইজাতি মচু তাহল্লসি,
খঙলসি,
ঐখোয়গী অপাম্বসি।

—ইমা,

পুনশিন্ননবা ত্তিনশিন্ননি,
থায়দোরূনবা পুনশিন্নবা নত্তে ;
অসিতা কাউগনুশি—
শোল্লবা মীওইবগী থম্মোয়নি,
লৈত্তাদবা মীওইবগী রাখলনি,
অপাম-নুংশিনা
কোইহুম হুম্বা,
লৈত-লাইরনা
কোইনি নিবা,
কল্লক চাওবা মিহৌবনা
অচুম অবাল খওহন্দ্রিবা,
অচাও অরন্না
পূক্নিংগী মথোই কাহল্লিবা,
মীথোই মীহেন্নিংবনা
শেংলবা থম্মোয়বু লৌনমলিবা,
উৎনিংবা চাওনিংবনা
অপঙবা রাখলনা ঙাওহল্লিবা,
ঐতগী রাখলনা
চিবক্লবা মতমদা খল্লক্লিবা,—
পূম্নমকসিবু নমহৎতুনা,
মশুংলাংগী রাখলদা,
কথোকপা তাই পূন্সিসে।

—ইমা,

মুংশিবস্মু হৈবা তাই,
মীহাৎপস্মু ওম্বা তাই ;
অরোনবা কয়াস্মু থমগনি,
অব্রাবা কয়াস্মু খাঙগনি ;
লোন্না থুপ্না চৎকনি,
ফোংনা লাউনা হায়গনি ;
শিবস্মু কিরোইদবনি,
পূন্সি মমলস্মু খঙগদবনি ;
মতম পূন্নমক্তা খনগনি,
করম্না পূন্সিসে চাওখৎকনি ;
খঙগনি ইরৈবাকপু নুংশিবা,
উৎকনি মীনুংশিগী ফজবা ;
শেমগনি তোপ তোপ্পা,
অনৌবা লৈবাক্তী নিংথৌজবা ;
হাইদোক্কুনা মীনাইগী মুখলবু,
অথেন্নতুনা ইশাগী ব্রাখলবু ;
চৎকনি তাইবং শিন্থুংনা,
থম্মোইগী পাউজেল পুন্থনা ;
হায়গনি অকিবা লৈতনা,
চত্থগনি ঐখোয়দি লেপ্তনা ;
মীওইবগী হিংনবগী লালবু,
হিংমীন্নবদা থাজদ্রিবা মখোয়বু।

—ইমা,

থরদং থাপ্লা,
হৌজিক্কী পূন্সিদগী,
লেনখিবা তারি,
মীওইবগী অৱা-অনাবু উশিন্নদনা,
মশুংলাংগী ৱাখলদা কোয়ডাওনহুনা,
অহিং নুংথিল থায়দনা,
মসিনা ইথোদাং ওইনা—
ৱাখলসিবু মুন্না খঙলিবা,
মমাওইবী নহাক্না,
করম্না হায়গনি,
থাদোক্কবা,
মশুংলাংগী ৱাখলবু,
লেন্ননবা পূন্সিবু,
মীমাংদা নুংঙাইনা,
ৱাখলদি পোথাবা ফংদনা,
তাউননবা,
হৌজিক্কী ককয়ী চুরবা ইরাংদা,
শেনজা-থুমজানা মাংওইননা,
শাগৎনবা চেক্কী য়ুমস্থু চাওনা,
নিংখায়রবা,
নিংতম্বগী ফম্বাক্তা,
ওইজনবা মোংফম মহুনা।

-ইমা,

খনবদা মম্মী,
করম্না,
নুংঙাইহনগনি নংবু,
সনানা লৈতেংহুনা,
লুপানা ফুদোংহুনা,
লৈজবা ঐগী অপুম্বা,
পুখোক্তুনা,
করন্না কন্তুনা,
নংবু পেলহনগনি—
করি লৈরি,
থম্মোয়না খোয়দাজবা,
থব্রায়দগীম্ব হেন্না তাংলবা,
চেংনা পুন্সিসিদা খমজরিবা,
মতম খুদিংদা,
মফম পুন্নমক্তা.
কোয়পু পুহুনা চংচরিবা,
মশুংলাংগী,
রাখলসি নত্তুনা,
ঐগীনি হায়বা ;
মসিতনি,
ঐনা কংচনিংবদি,
খোম্নাং লমন ওইনদি।

-ইমা,

ইরৈবাক্ত নিংতমদ্রিউৈ,
কৈদৌনি,
হরাও তয়াম্লতুনা,
পূন্সিদা,
মথোয় কাক্রতুনা,
ঙহাক নোক্লরগা,
হেন্না থোয়না নিংঙমদনবা,
ইজাতিনা মীনাই ওইরিউ,
শক্তুনা কৈদৌনি,
নিংতম্বগী ঈশৈ;
করিগী চিংখৎকনি ফিরাল,
ইরৈবাকী নত্রবা,
লোইলংগী শক্তম উংনবা,
করিগী লাউকনি,
ঐখোয়দি পেন্দ্রবনি,
হন্নসু য়েংলক্লরোইদোবা মখোয়দা;
খঙলবদা,
ঐখোয়গী ফিভম ইশানা,
করিগী নিংজিংনরুরনি,
ইথৌদাং প্যাংথোকপদা,
পাংদবদগী কিতুনা,
থাজদবদগী ইশাবু ইশানা।

—ইমা,

হিংলী,
ঐখোয় শিদ্রি,
লৈখা তারে হায়বতনি,
লৈজরম্বা পূম্নমক মাংশিল্লক্লে শোনবতনি ;
থরায়দি থাদ্রি,
হিংননবগী,
থৌনাস্থ লৈরি,
থেঙখ্রবদি,
পূম্নমক তুমখ্রগনি,
হিংলম্বগী,
ব্রারীতমক ঙাইহৌরনি—
থিগনি,
য়ুমথোং য়ুমথোং খুদিংগী,
লৈবাক্কী,
মনিং-মখা তম্বগী,
ঙসিগী,
চত্থরক্লিবা খোঙথাংসিগী,
তুংইন্না চৎননবগী,
থাদোক্কুনা মহাক্কী,
লৈজবাপুম্বা পূন্সিগী,
নিংতম্বা পুরক্কবা ঐখোয়গী,
লাইশোল ওইরিবা ইরৈবাক্কী।

—ইমা,

কনানা খঙ্গি,
ঐখোয়সে নিংতম্না হিংঙম্লোই ;
কনানা হায়রি,
মখোয়দা চংক্তবতনা,
ঐখোয়গী য়াইফবনি ;
কনানা থাজদ্রি,
ঐখোয়সে ঐখোয় ওইরম্মী ;
কনানা নোক্লরি,
করম্না নিংতম্বা তানগদৌরিবা ;
কনানা করেম্নরি,
ওইথোক্ত্রবা য়াথলনি ,
মখোয়না হায়রি,
ইরৈবাকসে মখোয়গীনি ;
মখোয়না মীনম্লি,
মতম অমম্তুং অচুম্ববু ,
কনানস্থ উশিৎত্রি,
ঐখোয়বু মীওইনা;
কনানা লেল্লি,
থোক্লবা লাক্কনি হায়হুনা ;
খরনা চংলি,
য়েক্লবগী মীচং,
তাদ্রহুনা লৈবাকমীয়ামগী খোল্লাওসে।

ইমা,

থাংখ্রিবা খোঙথাঙনা

মতমগী অচিকপদা তিনখ্রবদা,

চেন্থরক্লিবা ক্লাখলনা

নিংবা কায়রবগী ঈপাক্ত লুপখ্রবদা,

থম্মোয়গী খোঙ্গেলবু

করেম্নবগী মীরাওখোলনা লাকহৎখ্রবদা,

ঈগী ইরিক্ল

তাকপদা ঙমদ্রবদা মীওইবগী শক্তমবু,

মশুংলাংগী মৈচাকসে

অসুম্মক চাকখিগনি কেম্নবা হকচাংদা,

মুৎপা ঙম্নবোইদৌবা

তত্তনা শিন্থবকপা মিৎকী পিনা,

চৎলিবা খোঙচৎতা

অসুম্মক পুক্নুনা মীওইবা পূন্সিদা,

নোংমদি শোয়দনা

য়োরগদবা অশিথোং তাম্না,

মফমত্তুদা ওইরিবা

খেল্লবা পূন্নমক্কী ইতিন্নফম,

ঙাইরুম্নবা মতমচুপ্পগী

পূন্সিসিদা থিরক্লিবা মহাকপু,

অমত্তা ঙাইজরবা

-- লুংশি-খুদালবু অহাংবা অতিয়াদা তিলহনখিদনা